[illegible]

# থৱায় হাপ্পীদ্রবা ঈশৈ




অইবা :

সরত সলাম

[illegible]

# থরায় হাম্পীদ্রবা ঈশৈ



## সরত সলাম




মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ মণিপুর, ইম্ফাল
মণিপুর

# ঈশ

(I)

ঙসিসিনি লাকনি হায়রম্বা
নুংতি নুমিৎ খুদিংগী
খূৎ থেক্নুনা ঙাইজবা
ফক্লাংদা লৈই চিংজবা
কুমজা মশীং পাজবা ।।

(II)

থব্বান থাগী লোইরকপদা
লাংবন থাসু য়ৌরক্লে
লাকপা মতম ওইদ্রিবরা?
চান্নবী (বা) নঙবু লাকলোগবা
মেরা থানা লাকত্রিঙেদা ।।

(III)

উরমই ঐগী মঙলান্দা
মোমোন নোক্লা লেপলমই
মতম কুইনা উরুদ্রবা
নুংশিবী (বা) মায়থোং উজবদা
কয়াগী মতিক নুংঙাইজবা ।।

---o---

*অইবা :- সরত সলাম*

# ঈশ

(I)

কাউরগে খল্লুবা খুদিং
নঙবু নীংশিংবা হেল্লি
খল্লরোই খল্লুবা খুদিং
নঙবু উনীংবা হেল্লকই।।

(II)

নুংশিবা নঙসে নুংশিদকো
নঙনা ইনাক্তা লৈরবা
কয়াদা নুংঙাইগবা পুন্সিসে
ঐনা মতিক চারমদবনা
কায়নবদা তারদরা ব্রাদবা ঙমদে।।

(III)

নঙনা মীগী ওইখ্রবা
হিংহৌনি ঐনা করম্না
হায়নীংঙাই লৈতনা নুংশিরুবনা
য়েংখি য়েংখিবদা ব্রাৎতবী
মীগী মচা নিংঙোল ও --।।

# ঈশৈ

(I)

মেরা থানা চৎলমদাই
নিংঙোল নঙবু উনীংদুনা (ঙাইরম্বনি)
হিয়াঙ্গে থানা লাক্লবনিনা
উনবা ফংদনা হল্লগে
মমলবা থাশিগী অহিংসিদা ।।

(III)

থাবল ফরবা অহিংদা
মপাম লমদম নীংশিংদুনা
নিংঙোল পৃক্লিং কপলক্লা
লাক্লে ঙসিদি নিংঙোল চাককৌরা
হরাও মীনোক মরক্তা
থম্মোয় মৈচাক লোংশন্দুনা ।।

(III)

খৃৎতা থাঙ্গোল পায়দুনা
লৌখাও জাগোই শারক্লে
খুঞ্জা ইবুং নুংশিবা
চৈরোং তালথা ঈশৈনা
ফৌবী চারৈ হাইরক্লে
খৃৎলাং ঈশৈ শক্তুনা ।।

# ঈশ

(I)

য়ূমথংনবী ইতারোই থা
কমদৌরি ইবুং ইপ্পাশিংদি
নুংঙাইরিবরা করম লেলহৌরি ।।

(II)

নোংমতা হংঙমদে করম লেল্লি
নিংঙোল ওইনা পোকলুবনা
লৈতা-লাইরা ব্রাখলদা
হরাও মীনোক্কা লাকচবা ।।

(III)

ইপাম লমদম নুংশিবা
পন্থৌ য়ূমজাও নিংঙোল কা
ইতারোই ময়ামগা লোয়ননা
নুংশি ব্রারীদা নোকলম্বা
নীংশিংলুবদা মতমদো
নিংঙোল পূক্লিং নৌরকই ।।

----o---

অইবা :- সরত সলাম

# ঈশ

(I)

য়াইফ পুংফম য়েংদুনা
লাক্লনি পুন্সি খোঙলোই
শাগৈগী মৌনি হায়খ্রগনি
ঙসি অহিংসিনা চৎখ্রবদা ।।

(II)

কায়না মৈশা খাংহৌরিবা
মতিক চাদ্রা ঐগীদমক
শীন্থবিগনু মিৎকী পিরাং
ব্রারৌবা নত্তে ঐগীসে ।।

(III)

লূব-তাঞ্জা মতমসিদা
লমলানবা ঐগী নাকসিদা
করিগী কপলি হীক্লা
কাউবা তমলো লমলানবী ও
ওইববনি নঙদি শাগৈগী মৌ ।।

---০---

অইবা :- সরত নরোম

# ঈশ

(I)

নঙনা ইনাক্তা লৈরিঙৈ
ঐগী নুংঙাইবা লোইরবনি
পামদে করিসু তাইবঙসিদা
নঙ নত্তনা করি অমত্তা ।।

(II)

ঐনা ব্রারবা মতমদা
মোমোন্তা নোক্তুনা থেমবিখি
ঐ লৈরি নঙগী
করিগী অদুক ব্রাবনো ?।।

(III)

কুমজা অমা ফারক্লে
নুংশিবা নঙবু উখিদবা
ঙমলোই ঐদি অসুম
নঙ য়াওদনা হিংবা ।।

---o---

অইবা :- সরত সলাম

# ঈশৈ

(I)

ঐগী নুংশিবনা ইনাক্তা
লেপ্লরবদা মোমোল নোক্লা
ঙমখৈ লৈতরে নুংঙাইবগী
নীংজ-মহৈ য়াঞ্জরে ।।

(II)

খাক্লরোই ঐগী থম্মোয়
পীরবনি লোইনা নঙোন্দা
ইকাইবা নঙসু চৎখ্রো
ঐগী নুংশিবা লাক্লে ।।

(III)

লৈরমখিগদ্রা সিদগী হেনবা
লাক্লবসু অমা অমুক
পুনমক অরেম্বা ঙাক্তনি
লেপখ্রবা ঐগী থম্মোয়নি ।।

----o----

অইবা :- শরত [illegible]

# ঈশ

(I)

থাবলনা থাবল ফরিবা
পূক্লিংনা পূক্লিং নুংশিরিবা
ঐ ঙসি কপনীংই
হৌখ্রবা ব্রারীবু নীংশিংদুনা ।।

(II)

নুংশি নপাউ তাখিদবা
কুমজা মশীং য়ামলক্লে
নঙবু করম লেল্লিগবা
ঐগুম্না নঙবু কপলিদবা ।।

(III)

হঞ্জিন হঞ্জিন পারি
অদুঙৈ নঙগী চিঠী
ইরকখো নঙবু চান্নথোইবা
লেপ্লবো ঙসিসু ইনাক্তা ।।

---o---

অইবা :- সরত সলাম

# ঈশ

(I)

কায়নবগী কল্লবা মৈচাকসে
করিগী চূরমলি নঙনা
নৌজরিবী নিংঙোলগী থম্মোয়দা
নুংশি খঙদনা অসুম্না ।

(II)

কপ্লে ঙসিদি লোনথোক্তনা
অরেপ্পা থমলুবা থম্মোয়সে
নুপা ওইবশিংগী হৌনশারা
নুংশিববু লায়না থাদোক্লম্বা ।।

(III)

ফোংনা কপসি কপঙমদা
লোস্তুনা থমলকপসু ঙমলক্তরে
অসুক বাবা কয়নবা
পেল্লিদবা ইতৌসে উরগা ।।

---o----

অইবা :- সরত সলাম

# ঈশ

(I)

কনানো নঙবু শকখঙদবা
ঐঙোন্দা মুন্না য়েংলিবা
নুংশি মিৎয়েংগা লোয়ননা ।

(II)

করিগী তূমিন্না হূরিবা
নিংঙোলগী থম্মোয় নঙনা
ফারগে ঙসিদি পুল্লগে
ঐগী নুংশি মীনোক্লা ।।

(III)

ঙাওরে ঐসু মিৎয়েংদুদা
নুংশিরক্লে নঙবু অসুম
ইরাঙ লাঙজবা ঐহাকসে
নঙনা ইঙাও ঙাওহনলে ।।

--o--

তৌইবা :- [illegible] সলাম

# ঈশ

(I)

য়েংজৈ ঐনা লোন্না
ফজরবা নঙগী শক্তম্বু
শকখঙদ্রিবঁগে হাননা নুংশিরুরে
নঙবু উরুবা মিৎকুপসিদা ।।

(II)

নঙসে ঐগীনি হায়রবা
কয়াদা নুংঙাইজগবা পুন্সিসে
পামজদে অতৈ অমা
নঙ নত্তনা অতৈ অমা ।।

(III)

য়েংখি য়েংখিবা খুদিংমক্তা
ফজবগী ফজবা ঙাক্তা
অদুম য়েংদুনা লৈজনীংঈ
নঙনদি খঙলমলোই ইতৌসে ।।

---o---

অইবা :- সরত সলাম

# ঈশ

(I)

নুংশিবনা নুংশি হায়রকপা
পাম্মুবনা পমুই হায়রকপা
ঙাওরে ঐদি ইঙাও ।।

(II)

য়েংজনিংবা মাগী শক্তম
উজনীংবা মাগী মীনোক
করিগী ঙাওহনলি ঐবু
হায়ফম খঙদনা নঙোন্দা ।।

(III)

হন্দকমুক লাক্লুবদি ইনাক্তা
কয়াম নুংশিবা ঐনা
ইকাইবা লৈরোই ঙসিদি
হায়খ্রগে ঙসিদি নুংশি ।।

---o---

অইনা :- সরত সলাম

# ঈশ

(I)

নঙোন্দা ঙাওরে ঐসে
করি জাদুবু হৈবনো
করি লাইৱাবু পুবনো

(II)

নুংশিবা হায়বা নঙসে
নুংশিরিমক্তদা হেননা নুংশি
উরি মক্তদা হেননা য়েংনীংই
নুংশি মাগী শক্তমসে ।।

(III)

উদবদা মিংকুপ অমা
লৈঙমদে ঐগী থম্মোয়
য়েংহননীংদে কনা অমত্তা
লৈহননীংই ইনাক্তা অসুম ।।

---o---

অইবা :- সরত সলাম

-১৩

# ঈশৈ

(i)

অসুক নুংশিবা নঙনা
ইনাক্কনী সাপ্পা চৎথ্রগা
লেনগনি থরম্মা ঐন ।।

(ii)

নঙনা ইনাহে লৈরিঙৈ
ঐগী নুংঙাইবা লোইখরে
পামজদে করিসু নঙ নত্তনা
শেংলবা ঐগী থম্মোয়সিনা ।।

(iii)

লৈরিঙৈ নঙনা ইনাক্তা
য়েংখি ঐনা নতৌতবু
মোমোন্তা নোক্কুনা পাউখুম্মীখি
মীনোক্তা মাঙখি অশাওবা ঐগী ।।

---o---

# ঈশ

(I)

করিগী কপ্লি নিংঙোল নঙবু
নিংঙোল চাককৌবা নুমিৎসিদা
লৈতে লাইরৈ হায়দুনা
মীগা মীমান্নরোই খনবরা ।।

(II)

কৈরোই লৈকাই নতারোইসিং
মপাম লমদম খোঙদোইনরক্লে
নিংঙোল নঙদি উদরে
লাক্লরোইদ্রা খন্দুনা ব্লাজবা ।।

(III)

নিংঙোল ওইবী ঐখোয়না
কয়াদা ব্লানা ঙাইজবা
লাক্লবদা করিগী কপ্লি
অব্লাৎপনা থল্লবা পুন্সিসিদা ।।

---o---

# ঈশ

(I)

থাবল ফরা অহিংসিদা
নঙবু ঙাইরি ঙসিসু
লাকখিগদ্রা ঙসিসু খননা ।

(II)

পূক্লিংনা পূক্লিং নুংশিবনে
থাবলনা থাবল ফবনে
ঐ ঙসি কপনীংলকই
নঙগী মায়গৈ য়েংলগা ।।

(III)

করি উপায় লৈরি
শোঞ্জবা নত্তনা অসুম
নিংঙোলগী পুন্সি ওইরুবনা
খাঙলিবনি মৈচাকসে অসুম্না ।।

-----o-----

অইবা :- সরত সলাম

## ঈশ




(I)

থেঙলা অহিংগী থাবলসিদা
কনাগী মীনোক তারিবা
ওইরিদ্রা নঙগী মীনোক
কনাগনো নঙগা নোকমিন্নরিবা ।।

(II)

নুংশিবা নঙবু উরকত্রবদা
নিংঙোলগী পূক্লিং লৈতাদরে
লোন্না কপসি কপঙমদা
থম্মোয়সিদি খাঙবা ঙমলক্তরে ।।

(III)

লৈরবরা ইসুং ইমাননবী
কাউরবরা ঐবুদি লায়না
থাজরুবা নুপাগী থম্মোয়
ওইরদরা ঐতগী ইরাল ।।

---o---

অইবা :- সরত সলাম

## ঈশ

(I)

নঙনা চৎখ্রবা মতুংদা
ওইহৌরে ঐদি অঙাওবা
ইপাং য়াওদা চেল্লা
কাযদোংফম খঙদ্রা উপালসিদা ।।

(II)

উরিদ্রা নঙদি শীরাংসে
উরম্বা থোক্লবা কবিগুম্বদা
কাউথোক্লমলোই নঙনা ঐবু
থাদোক্লমলোই অসুক লায়না ।।

(III)

নঙনা ইনাক্তা লৈরিঙৈ
খঞ্জরম্বনি আশা কয়া
নঙনা চৎখ্রবা মতুংসিদা
কনাগী খন্দ্রনা হিংহৌখিনি ।।

-----o-----

AIR দা শকখিবা কালাকার :-

শগোলসেম ইবোহল সিংহ

অইবা :- সরত সলাম

# ঈশ

(I)

নোংদম্বা বীধিনা তম্লমদ্রে
লাইবক থীরবা মপোকসিদা
নৈপুল ওইয়ু নঙগা
পুন্সি খোঙলোই ওইয়ু ।।

(II)

পোকঙমদ্রবা তাইবঙ মপোক্লি
পুন্সিনি খন্দুনা অসুম্না
কায়না মৈচাকসে পুদুনা
কপনা লেল্লগে পুন্সিসে ।।

(III)

কংবা নাইদ্রবা পিরাং
শিঙ্থাসনু মনীং তম্না
নুংশি নঙগী খুদোল্নি
অরাবা মৈচাকসে পূদুনা

# ঈশ

(I)

অহিং অসিনা ৱাহল্লে ঐবু
থৌদোক অসিনা কপহল্লে ঐবুসু
নীংশিবা নঙনা ঙাওহল্লে ঐবু ।।

(II)

কাউরগে খনলি নীংশিংবা হেল্লী
কায়নবা নঙসে ইন্থোক্লা ৱাখ্রেদা
কায়নরগা খঙলকই নুংশি মৈচাকসু ।।

(III)

নুংশিনরিঙৈ খল্লুদে কয়াম নুংশিবা
থাবল ফরবা অহিংসিদা নঙবু
খাঙলিবরা ঐগুম্না নুংশি মৈচাক
তূমহন্দরে ঙসিসু ঐবু নঙনা ।।

---o---

অহৈবা :- সরত সলাম

# ঈশ

(I)

চীংলোন মাপন্না খনখ্রবী
লমদম তাম্না লৈহৌরবী
নঙবু করম লেল্লিগবা
নপাউ তাখিদবা কুইরে ।।

(II)

চৎলমদায় মতমদা কপচহৌবী
হীক্লা থম্মোয় শোক্লা
থাদোকপা ঙমদ্রবা ইখোঙসিদা
পুনবিথি নঙগী নুংশিথৌরিনা ।।

(III)

লাক্লরোই হায়বা মওংগুম
উবরোই অমুক হন্না
থাদোকলম্বা মিকুপতো নীংশিংবদা
কায়রে ঐগী থম্মোয় ।।

---o---

লোইবা :- সরতে সলাম

## ঈশৈ

(I)

থম্মোয় শোক্লা কপচবা নত্তনা
করিদি লৈরি ঐগী উপায়
উপায় লৈত্রবা ঐগী নুংশিবা ।

(II)

অদুগুৈ থৌদোক কয়া অমনা
কপহল্লি ঐবু তৎতনা নঙনা
হৌখিবা থৌদোক কয়ানা ঐবু
চাক্লরে মৈচাক মৈরি থোক্তনা ।।

(III)

থম্মোয় শেংনা নঙবু নুংশিরুবনা
লৈরি থম্মোয়দা লাইমন ওইদুনা
ওইরসনু মসিনা নুংশি পন্থুং
পেন্থোকপা তমলগে থম্মোয় অসে ।।

---o--

অইবা :- সরত সলাম

# ঈশ

(I)

কল্লবা মীৱাগী ঈচেলনা
থম্বীরমলে তোখাই তোখাইনা
নঙ ঐগী নুংশি ঈচেল ॥

(II)

তাইনফম খঙদ্রবা থৌদোকশিংনা
ওইহনলে থম্মোয়বু ওনহনবা
হঞ্জিন হঞ্জিন্না কয়ারক
ইকাইবা পীরি ঐঙোন্দা ।

(III)

নুংশিবদগী মীৱানা কনখিবনা
কায়নবা হায়বদো ওইরনি
ফংলনি মৈশা কায়নবগী
ৱারনি থম্মোয় মৈচাকশিনা ॥

---o---

শৈবা :- সরত সলাম

# ঈশ

(I)

নুপী :   করিগী লাকখিদে নঙনা
অসুক কুইবা মতমসে ।।
নুপা :   লেঙদনা লৈরি থব্রাইনা
নঙগী নাক্তা লেঙদনা ।।

(II)

নুপী : লৌনম লৈবা নুপাগী
লৌনম ব্রাহৈ কয়ানা
পঙলবী নিংঙোলগী থম্মোয়বু
করিগী অদুক ব্রাহনলিবা ।
নুপা :   খঙদ্রি মানে নঙগী থম্মোয়না
ঐনা কয়াম নুংশিবা
শিন্থারিবা পিরাংসে নত্তনা
নুংশি ব্রাহৈ লৈরক্তরে ।।

(III)

নুপী :   থাজদে নুপাগী থম্মোয় ।।
নুপা :   লেপলবনি থম্মোয় নুংশিবগীদমক।।

---o---

অইবা :- সরত সলাম

# ঈশ

(I)

কায়রবা থম্মোয়বু থেমজিনবীখি
নোংমা অহিং অমা ঐগীনাক্তা ।

(II)

য়াওখিবনি নঙ ঐগী পিরাংসে
য়েংজবা ঙমখিদে থাজসু
নঙগী নতৌ উরগা
লোৎখিবনি তূমিন্না লৈচিনলক্তা ।।

(III)

হৌখিবা থৌদোক কয়া
কাউখ্রোকো নীংশিংবা থোক্তনা
মদুতনা ওইরনি অব্রাবা
হায়দোকলুনু কনাদসু নঙনা ।।

---o---

AIR দা শকখিবা:
কলাকার এম: ইবোহল

অইবা :- সরত সলাম

# ঈশ

## লৈবাক নীংবা ঈশৈ

(I)

খূৎশমননা চৎসি লাও
পামবোম তিংনা চৎসি লাও
চীং-তম ঙাকলুরসি লাও ॥

(II)

হিন্দু মুসলিম খৃষ্টান
ইমা অমত্তগী মচানি ঐখোয়
কনানা কনানো ঐখোয়
ভারত ইমাগী মচাঙাক্তনি ॥

(III)

হৈকোল লৈকোল খুদিংদা
লৈখল শুনা শাৎলি
ইমা অমত্তগী মচানি
কনানা কনানো পঙলবা ॥

--o--

AIR দা শকখিবা :
মোইরাংথেম ইবোহল

অইবা :- সরত সলাম

# ঈশ

(I)

মৌগী সীংদা চনলুরবী ঐবু
নুংশি হায়বীগনু তোয়না
মীগী মচা পাখং ওইরিবা ॥

(II)

মোংফম অনী শুহৈদ্রবা
নিংঙোল লাইবক থীবিনি
খন্থহৌদবা মিকুপ্পুগী ৱারী
করিগী নঙনা তানীংলিবা ॥

(III)

মীনোক মৈশা মবকসিদা
মামানন্দ্রবী ঐগীদমক ৱারীগনু
থম্মোয়সে কায়বে খল্লুবদা
খেম্বীরনু ঐবু অমুক ॥

---o---

[illegible]

# ঈশ

(I)

লাংবন মৈশা লোইখিবদা মঙাইরি
লাক্লে অমুক মেরা থা
অৱাবদনা ঐগী ইশরুক্লি ।।

(II)

লোইখরো মেরা থা নঙসু
পোথাহল্লো ঐগী থম্মোয় অমুক্তা
নীংশিংবনা হেনলক্লে কাউবা ঙমদরে
খাঙবদা ৱারে পুবা ঙমদরে ।।

(III)

করিগী অমুক ঙাইদুনা লৈরমলি
নিংঙোল থা হিযাঙ্গৈ নঙনা
পুরক্করা নখোয়না চানবী মাবু
উখিদবা কুমজা কুমোল য়ামলক্লে ।।

---o---

# ঈশ

(I)

হে ইমা মণিগী লৈবাক মণিপুর
খুরুমজরি ইমাগী খুয়াখাদা
পীনবীরো ইমাগী খৌজাল

(II)

ভারতকী নোংপোক চিদায়দা
মণিনা কোয়না লৈতেংলিবী
চীংশাং মাপন্না পলঙাক্লীবী
অথৌবা নচা লিশিং পোক্লিবী
হে ইমা মণি লৈমা মণিপুর ।।

(III)

অহিংগী লিক্লা তাক্লিঙৈ
অয়ুকী কোরৌ মঙালনা
মলেমদা খুদোল অমলক্লে
মিকপ থোকলো হে ইমা ।

---o---

শকখিবা :
সাউন মেউজিক সেন্দর এসোসেসনগী কাংবু

অইবা :- সরত সলাম

ঈশ

## লাইশোল ঈশৈ

(I)

চৎখিনু ইমাগী নিমাই
চৎখ্রবদি নঙনা থাদোক্পুনা
ইমাদি করি ওইহৌনি ।।

(II)

ইচা কায়না মৈশা লাংলিঙৈ
করিগী খোংলক্লি চেক্লা-ও
খোংলুরো চেক্লা অরাপ্পদা ।।

(III)

ইমাগী নিমাই নঙবু
মফম কৈদা চৎলবগে
প্রভুগী য়াথং তুংইন্না
ইমাবু থাদোক্পুনা চৎলবরা ।।

---o---

অইবা . শরত সলাম

-৩৫

## ঈশ

### (I)

নুপী : পাখং পূক্লিং খংলুদনা
নিংঙোল থম্মোয় লেপলুবা
নুংশিরুবা ঐনা লাল্লবনি ।।

নুপা : নুজা পূক্লিং খঙল্লদনা
পাখং থম্মোয় লেপলুবা
নুংশিরুবা ঐনা লাল্লবনি।।

### (II)

নুপী : মীগী পূকচেল খঙদনা
নিংঙোল পূক্লিং লেপলুরে
পঙলবী নিংঙোলনি ঙাকপীয়ু ।।

নুপা : নিংঙোল কাদা শৈদাংলুবনা
ঐগী করি উপায়নো
ইনখ্রো পন্থৌগী য়াথং ।।

### (III)

নুপী : নঙতা লেপ্পিয়ু ঐগী
পন্থৌ পূক্লিং থেমজগে ।।

নুপা : পলেমগী য়াব্রা ইনখরো
পন্থৌগী ৱাশক চেৎমনলি।।

- - - o - - -

অইবা :- সনুজ মলোয়

# ঈশ

## (I)

নুপী : উদবদা মিকুপ অমা
কুমলাং কয়ানি উদবগুম
নিংঙোল পূক্লিং খোয়রাঙই ।।

নুপা : তাম্লা লমদম অদুদা
ঙাওরুরে নঙগী ৱাখলদা
অহিং কয়া তূমদনা ।।

## (II)

নুপী : নিংঙোল পূক্লিং লেপখ্রবনি
থাদোকপীগে খনবীগনু ।

নুপা : লৈমা কোলগী লৈরাংনি
মতিক চাদে নঙগীদমক ।।

নুপী : থাবল ফবা অহিংগী
থাবল্লে মখোঙগী ৱারী
নাথৈদুনা থম্বীবগে খল্লব্রা ।

নুপা : ঐনসু খল্লি অসুম্না
নঙনা খল্লিবা অদুম্না
নাথৈদুনা থম্বীরগে খল্লবরা ।।

---o---

*অইবা :- সরত সলাম*

## ঈশ

(I)

থম্মোয়গী বসন্ত লাক্তুনা
নিংঙোল পূক্লিং হূরিবা
শকখঙদ্রিবা নঙবু নুংশিরুরে ॥

(II)

ঙসিত্রা উবিবা নঙোন্দা
নিংঙোল পূক্লিং লেপতাবনি
কংচবগে থরায নিংঙোলগী
নুংশি হায়রো নচীন্দুনা ॥

(III)

পাখং নঙগী ঙকশমদা
হূকচগে কুন্দো পরেংসে
পূন্সিগী লৈপুন ওইজগে
নুংশি অমুক্তা হায়রোগবা ॥

--o--

অইবা :- সরত সলাম

# ঈশৈ

(I)

খঙই ঐসু খঙই
য়েংলিবা নঙগী মিংয়েং
করিনো অমা হায়নীংলীবা ।।

(II)

পিখিরোই থম্মোয় নঙোন্দা
য়েংখিনি নঙগী মতৌ
লৈখিনি খংদা শাদুনা
ঙাওজখো ঐগী মীনোক্তা ।।

(III)

নুংশি মশক খংদ্রিবা
নৌজরিবা নিংঙোলগী পুন্সিনি
পীখিরোই পাউখুম ইচিনসিনা
চাকচাখো মৈচাক ইতৌদা ।।

---o---

ড়াইবা : সরত সগোম

# ঈশৈ

(I)

অসুক নুংশিবা নঙোন্দা
নুংশি হায়ঙমদে ইচিলসিনা
কৈদৌঙৈ খংহনগনি নঙোন্দা
নুংশি হায়না নফমদা ।।

(II)

ইকাইবা নঙনা ইকাইরিঙৈ
চৎখ্রে ঐগী নুংশিবা
ঙসিসু অমুক লাপনা
লাকখো হায়েংসু অসুমনা ।।

(III)

খামজখি থম্মোয়না নঙবু
খংবীদে নঙগী থম্মোয়না
ফাওদবরা নঙোন্দদি নুংশিবা
ভাওরে ঐদি পুঙাও ।।

---o---

অইবা :- সরত সলাম

ঈশা

(I)

নীংশিঙ্গু নহাকসু অমুক্তং
হৌখিবা যৌদোক কয়াদো
কাওরব্রা নুংঙাইরবা নঙগী পুন্সিদুনা ॥

(II)

নমজাও লামৈগুম চাক্লিবা
ইতৌসে উরম্বা নঙনা
লোনলিবরা নঙগী খম্মোমনা
ঙাইজবদা য়েংদুনা কাইদোংবম থোংদ্রবা ॥

(III)

লোপালি ঐনা লোপাওমদনা
কাইনা মৈরি মরকসিদা
নুংঙাইরবা নঙগী পুক্সিবু য়েংদুনা
যাইফবত্রা ঙঈমু সোন্দুনা ॥

-----০-----

AIRদা শাকথিবা :-

অসেম অমরজিৎ সিংহ

আইবা :- পত্রত সনাম্বা

# ঈশৈ

(I)

অনৌবা চহিগী অঙনবা অয়ুক্তা
মাগী লুহোংবগী মপাও য়ৌরক্লে
অনৌবা চহিসিনা লাকপদা ।।

(II)

পুন্সিগীনি খন্না থম্মোয়দা থমজবা
ঐগী নুংশিবা ঐগী ওইদ্রবা
থজবা থমলুবা মৈশা লাংহৌরে ।।

(III)

খংজনলু মরুপও তসিনলু নখোয়
অসুম্না ওইরক্লী নোংমতা খনলুদে
ইথা শজদনা কইনবা তরে ।।

---o---

অইবা :- সরত সলাম

# ঈশৈ

(I)

তাম্না নাইতোম চীদোন শাৎচবী
খুনলাকপগী মমোমলোই
নঙবু করম লেনলিবগে
ঐগী নুংশিবী চীংমী নিংঙোল ।।

(II)

চীংলোন লান্না পাইরকপা
অপাইবা লৈচিল মাপৈও
পুরকপরা মাগী মপাও
কুইরে উখিদবা চানবীদো ।।

(III)

চীংমাই খোংনা চাক্লীবা লামৈ
উরগা লৈঙামদে থম্মোয়সে
মীপাইজে থম্মোয়সিনা মাগীদমক
তাম্না তম্পাক্তা লৈঙমদরে ।।

--o--

[illegible] সলাম

# ঈশ

(I)

নুংশিববু শেৎনা খাইনহল্লগেরা
পালেমগী য়াথং ইন্দে হায়দুনা
লমহেনবীনি হায়না তত্তনা চৈবিরি ।।

(II)

পাওথোকপীরি ঈগী য়েক্লী হায়দুনা
নুংশিববু লায়না থদৎলু হায়বীবা
নুংশি হূবু হেন্না পিথক্লীবা ।।

(III)

ঙমলোই থদোকপা পুন্সিগী মাবু
লেপক্লী খোঙফম লেঙদনা মাগী
থাগনি থব্রাই নুংশিবা মাগীদমক ।।

----o---

অইবা :- সরত সলাম

# ঈশৈ

(I)

মৈতৈ নিংঙোল নুংশিবী
চীংমী পাখংগীদি থব্রায় ওইরিবী
করম্না নঙবু থাদোক্লসিগে ।।

(II)

চীংগী চীংলোল কয়া লান্না
শাংল চীংশাং পরেংদা
নঙবু চৎপা ঙমগদ্রা
হৈনগদ্রা চীংগী চৎনা-লোনচৎ ।।

(III)

তমগী নিংঙোলনা ঐগীদমক লেপপিবা
ঐগীদি কয়াদা লাইবক ফরীবা
লেপলি ঐসু নঙগীদমক
নুংশিরবা মৈতৈ নিংঙোল ও ।।

--o--

*অইবা :- সরত সলাম*

# ঈশ

(I)

হেকচনীংই ইখুৎসিনা পূক্লিংনা পেন্দ্রীফাওবা
কিজৈ লৈরাংগী লৈশক হেনবনা
পূক্লিংগী ব্রা চীনবান য়াওঙমদে ।।

(II)

থম্মোয়গী লকা খুদিং
পূক্লিং পেন্না শাৎলরো
ঙমগনি ঐসু নঙবু
রাণিগুম্না থমজবা থম্মোয়দা ।।

(III)

পূক্লিংগী ব্রা ফোঙজবা ঙমজদে
লৈ নঙনা ব্রাংনা শাৎপনা
থম্মোয়গী ব্রা পূম্বসু হায়ঙমদে
ঐগী পুন্সিনা মতিক চাদবনা ।।

---o---

অইবা :- সরত সলাম

# ঈশ

(I)

ঐগী নুংশিবনা তাইওন্নরবদা
থম্মোয়নুংদা চাক্লীবা মৈচাকসে
নিংঙোল ঐতগী মৈচাক ওইরিদ্রা
ফংঙমমোইদ্রা নঙগীদি চৈনাসে ।।

(II)

খল্লরোই খল্লুবা মিকুপ্তা
অঙাওবী মতৌগুম কপনীংই
অচিকপদা পামলিবা থম্মোয়সে
কায়না মৈচাকনা চাক্লীবরা ।।

(III)

কায়নবা হায়বসে ঙাওই
উনখিবা মফম খুদিং
লৈরমগদৌবোইদা নীংই হান্নগুম
থেঙলবা অহিং তাংলৌ ফাও ।।

-- o --

ঙইবা : [illegible]

# ঈশ

(I)

নুপা : নুংশি ঐনা নঙবু
থম্মোয় শেংনা নুংশি ।।

নুপী : লাইবক থীহৌরবী ঐবু
করিগী নুংশি হায়বীরি
মীনোক চাউবা তাইবঙসিদা ।।

(II)

নুপা : লেপখিবনা থম্মোয়সিনা নঙগীদমক
ঙাওরে ঐদি পূংঙাও ঙাওরে
নুংশি নঙগী মিনোক্তুদা ।।

(III)

নুপী : নুপাগী লৌনম রাহৈদা
থাজরুবা নিংঙোল থম্মোয়
অমুক মৈচাক হাপ্পিরনু ।।

---o---

তাইবা :- সরত সলাম

# ঈশ

(I)

নুংতি নুমিৎ খুদিংগী
খূৎ খত্তুনা ঙাইজবা
কুমজা মশীং য়ামলক্লে
নুংশি নঙবু ঙাইজবা ।।

(II)

য়েন্নীংথা অমুক লাক্লে
হৈখা হৈনৌ মপাল্লক্তা
নঙবু হৈব্রা য়েংজবা
ৱাহংতা মঙাইরে পাউখুম্বীরক্তরে।।

(III)

থৱান থাগী লোইরকপদা
লাংবন থাসু লাক্লে
লাকপা মতম ওইদ্রিবরা
মেরা থানা লাকত্রিভেঁ ।।

---o---

অইবা :- সরত সলাম

## ঈশ

(I)

নুংশিবনা ইনাক্তা লেপলরবদা
পূক্রিংসে ইরাঙ লাঙলকই
মুন্না অমুক্তা য়েংজগে
কুইনা উরুদ্রবা নুংশিবা ।।

(II)

নুংশিবগী মগুণসে কল্লি
পীয়ু হায়রক্লবা থম্মোয়
নিংঙোলগী থম্মোয়সে কখোকচরি
চিংনবা লৈতনা পুন্সিসে ।।

(III)

যেংঙু ইতা মালংবা
উরমলোই মানদি ঐবু
অমুক্তং কৌবীয়ু মালংবা
ঙাইদুনা লৈরি হায়না ।।

---o---

অইবা :- সরত সলাম

# ঈশ

(I)

চেখাইদুনা তারিবা চারৈ ফিদো
খোমজনলু য়াদ্রবা নতৌদো
ব্রাজবা নঙগী নতৌদো ।।

(II)

থেঙলা অহিংগী নুমিৎতো
ঙমলরোই কাউবা কৈদৌনুং
নীংশিংবদা শিন্থরক্লে পিরাং ।।

(III)

হঞ্জিলু য়াদ্রবা নঙনা
কপচখি থম্মোয় শোক্লা
থাদোকপীনু নিংঙোল ঐবু
কখোক্লবনি নঙগীদমক পুন্সিসে ।।

---o---

অইবা :- সরত সলাম

# ঈশ

(I)

অহিংনা চৎলি তূমিন্না
থাবলগী মঙালসু মাঙফখি
অয়ুক্কী কোরৌ মঙালদা
লোৎখিবনি থৱান মিচাকখৈ ।।

(II)

লৈহৌই থৱায়না ননাক্তা
হকচাংসিনা ওইখি লমলানবগী
কায়না মৈচাক পুহৌই
চৎখি মানা পুন্সিগী
কপচহৌই ঐনা ঈক্লা ।।

(III)

ৱাজখ্রবী নিংঙোলনি কপহনবিনু
হরাও নুংঙাইনা থম্বিয়ু
ওইজগে মদুনা ঐগীসু
ওইজগে থম্মোয়গী অপেনবা
নুংশিবগী চমলবা খূদোলনি ।।

--o--

অইবা :- সরত সলাম

# ঈশ

(I)

চৎলমদাইদা পীহৌগে খন্না
ইখিবনি ব্বারেংসে অহিংদুদা
তাকলমদনা চৎখ্রে মাদি
শীন্থরকপা মীৎকী পিরাংনা ইখিবনি ।।

(II)

অরোইবনি খঞ্জখি নঙবু
থম্মোয় শেংনা নুংশিখিবনি
নীংজবদি ওইরে অরেমব
শাগৎচ আশা মাঙসিল্লক্লি ।।

(III)

ফাজিল্লগে থম্মোয়সে থেমলদুনা
থৌদোকশিংদো নীংশিংনা কপচবা
নঙগী মরমগী ওইরসনু
থম্মোয়দা লাইমন ওইদুনা ।।

--o--

অইবা :- সরত সলাম

ঈশ

## লাইসোন ঈশৈ

(I)

অচুম অরাল ৱায়েনবীবা
তাইবঙ শেম্বা ইবুংঙো
য়েনবীরো ননাইশিংগী ৱায়েন
খঙহনবীয়ু অচুম অরাল ।।

(II)

ঐনা লাল্লে ফংলসনু
ঈশ্বরনা পীবা দন্দি
চিংনদে ঐ করিসু
তাকপিরো প্রভু কনানা লাল্লিবা ।।

(III)

নঙনা শেম্বা তাইবঙসিদা
হিংলি জীব খুদিংমক্না
খঙলি উরিবা নহাক্না
তাইবঙ ঐখোয়গী লিচৎ ।।

--o--

অইবা :- সরত সলাম

# ঈশ

লাইসোন ঈশৈ

(I)

হে প্রভু তাইবঙ শেম্বা
খুরুমজরি তোল্লবা ননাইনা
তাইবঙগী মপোক্তা পোকহনবীরে
সিদগী অহেনবা অমা লৈতরে ।।

(II)

হায়বীয়ু ননাই ঐখোয়দা
করিনা লমন শিংগনি
ইবুংঙোগী মিং শোঞ্জবা নত্তনা
করিসু ঙমদে ননাইনা ।।

(III)

অব্রাবা নুংঙাইবা অনীমকপু
থুংবীয়ু ননাইগীসু শরুক
অব্রাবা কয়া খাঙজগে
পভুগী য়াথং পীনবীয়ু ।।

---o---

অইবা :- পরন্ত সলাম

ঈশ

## লৈবাক নীংবা ঈশৈ

(I)

ব্রাংনা পাইরি ঐখোয়গী ফিরাল
ভারত ইমাগী তম্পাক্তা
মীংকপ থোক্লে ঙসিদি
মনীংতমলে ঐখোয়গী লৈবাক ।।

(II)

নীংতম্বা ফংনবা হোৎনবদা
থব্রায়না পোম্থা ওইদুনা
থব্রায়গা শিন্নখিবা নীংতম্বা
ঐখোয়গী ফিরাল চিংখৎলম্বা
হে লাইওইখ্রবা অথৌবশিং
কচ্চরি কুমগী তর্পন ।।

(III)

হিন্দু মুসলিম চীং-তম
অপুনবগী খোল্লাওনা লাউরসি
ভারত ইমাগী জয় মতা জয়
ধর্ম্ম লোন জাতি তোঙাল্লবসু
ইমা অমতগী মচানি ঐখোয়
অপুনবনা জয়নি চংসিনসি ঐখোয় ।।

-----o-----

মৈরা কাংবুনা থাগী ঈশৈ ওইনা শকখিবা ।

*শেইবা :- সরত সলাম*

## ঈশা

(I)

ঙসিগী ঐহাক্না ফংলিবা
কায়না খাল্পী মৈচাকসে
ঐগীতা নাত্তনে খঙ্ঙকো
লাকাখানি লোংয়া নঙ্গীসু ।।

(II)

ঐহাক্কী পুন্সিদা অমুক্ত
নংখিদ্রি অসুম্না অৱাব
থাঞ্জমদ পুন্না মৈচাকতে
ঐনা করম্না থাঞ্জগে

(III)

হৌখিবা মতমগী ৱারীদো
অসুম্না থোক্লনি থাজদে
ঐতগী ইবালনি ওইরসনু
ওইরম্লে পুম্নমক অরেম্বা ।।

--০--

অইবা :- সরত সলাম

# ঈশ

(I)

ওসিদি নহাক্কী ম্নাহৈনা
পুন্সিগী কায়নবা ওইহল্লে
করিগী নহাক্না পীরম্লী
ঐঙোন্দা পুন্সিগী বিদায়বু ।।

(II)

কবক্সা ঐহাক্কী ইরাপ্সনা
মীৎলুদা পিরাংসু শান্তহনলি
থম্মোয়সু নওতনা কপহল্লি
অসিনা নহাক্তি পেল্লোকো ।।

(III)

ঐবু নহাক্না ম্নারৌবা
তাক্লমহে ঐগী ইরোলদো
কায়নবা অরোইবা মীকুপ্তা
পীরম্মী ইবালসু ঐঙোন্দা ।।

---o---

অইবা :- সরত সলাম

## ঈশ

(I)

পুন্সিগী অরোইবা ৱাহংদা
মীৎলুগী পিরাংনা
পীরগে বিদায়সু অরোয়বা
ওইরেদো কায়নবা মীকুপ্তা ।।

(II)

নুংশিবা কায়নৈ খঙলুদে
পঙলবা থম্মোয়না ঙসিফাউ
কায়নবা মৈচাকসু খাঙহৌরে
নুংশিবা নঙতগী মৈচাকসে ।।

(III)

মীনম্বা তাইবঙপাল অসিদা
নহাকসু য়াওরেদো মীনম্বা
নুংশিবা মীনম্বা নহাক্তী
পুন্সিবু ফাগীনি খল্লবা ।।

--o--

অইবা :- সরত সলাম

## ঈশ

(I)

মালং শহুম ফংলবা
লৈকোল লৈরাং কয়ানা
মীনোক মৈশা খাঙলিবা
মীৎলু পিরাং কংদনা ॥

(II)

তাইবঙ মীনোক মৈশানা
খাঙবা ঙমদা লৈমায়দা
কেনখি লৈরাং কয়াসু
পুন্সি মদোম কেমহল্লি ॥

(III)

কল্লক মীৎয়েং লাঙ্গোয়চন
নুংশি খঙদা মালংবা
লৈখোক লৈরাং খাইনহন
মালং শহুম কনখিবা ॥

--o--

অইবা :- সরত সলাম

ঈশৈ

(I)

নুংশিবী নঙতগী মৈরিনা
চাক্লবা ঐহাক্কী পুন্সিসে
য়েংলগা নহাক্তি পেল্লনি
ঐহাক্না অসুম্না লেল্লগা ।।

(II)

কায়নবা নঙতগী মৈচাক্না
পুন্সিনা করম্না খাঙগনি
ঙসিসু নঙতগী মৈচাকসে
পুন্সিসে লৈতাফম খঙদরে ।।

(III)

অসুম্না কায়ননি খঙলুদে
ঐতগী পুন্সিনা তাইবঙদা
থাজবা থম্মোয়সু কপ্লনি
ওইরনি পুন্সিগী কায়নবা ।।

--o--

অইবা :- সরত সলাম

## ঈশৈ

(I)

অচিকপা লৈকোলদা ফমদুনা
ঙাইরিনে ঐতনা নঙতবু
নুংশিবা ঈশৈবু শক্তুনা
ঐতগী থম্মোয়ন ঙাইরিনে ।।

(II)

ফজবা পৃক্রিংগী অপেনবা
নুংশিবা ঈশৈনা নিল্লরে
ঐহাক্কী থম্মোয় লৈকোন্দা
ওইরি নঙনা থব্রায় ।।

(III)

তাইবঙগী খৃৎশেমগী লৈকোন্দা
শুক্লবা থম্মোয়গী কাচিন্দা
নুংশিগী শকতমবু লোৎশিন্দুনা
লক্লোনে থব্রায়গী চান্নবী ।।

---o---

অইবা :- সরত সলাম

## ঈশ

(I)

কংলবা উপাল অমগী
পুন্সিবু নঙনা পামজনা
করিগী ঙাইনা লেপলিবা
করম্বা ব্রাশক লৈদুনা ।।

(II)

য়েন্নীংথা কয়া লাক্তুনা
নৌহৌনা য়েন্নীং হুল্লরোই
অরোইবা পস্থুং তানখ্রবা
ঙাইদুনা মাবু কপ্লনু ।।

(III)

অসিরা উরি মপোকসে
অরোইবা পস্থুং য়ৌরফাও
হংলিনে ব্রাহং কয়াবু
ঙাইরিনে পুন্সি অসিনা ।।

---o---

AIRদা শকখিবা :-

মোইরাংথেম ইবোহল সিংহ

*অইবা :- সরত সলাম*

ঈশ

(I)

নাকেন-থানা লোইবদা
নওগী পুন্সিসু লোম্লবোয়
লাকখিনি খঙদনা মহাকপু
ঙাইরি ঙসিসু মফমসিদা ।।

(II)

য়েন্নীংথা কয়া লাক্লবদা
নওসু য়াওরকখো থন্নায় - ও
লেনশ্মীনসিকো মপোক কয়া
মপোক লাঙোন খুদিংদা ।।

(III)

তাইবঙ পুন্সিবু কিদুনা
হল্লক্লরোয় খল্লবরা চানবী
মপোক লাঙোন খুদিংদা
নওতবু ঙাইনা লেপ্লমগে ।।

----o----

অইবা :- সরত সলাম

# ঈশ

(I)

ইরান্নি খন্দুনা মৈচাকসে খাঙলগে
নহাক্কা কায়নবগী অন্নবা মৈচাকসে
ব্লাজসনু নঙগীদমক থম্মোয়সু অসুম্না
ইরালনি খন্দুনা লেল্লগে পুন্সিসে ।।

(II)

নুংশিববু কায়ননি খল্লুদে থম্মোয়না
নঙতবু নুংশিবা থম্মোয়স অসিনা
নঙতবু নুংশিরুই পঙলবা থম্মোয়না
ওইরম্লে ময়াগী নুংশিবা নঙদি ।।

(III)

পুন্সিগী অঙনবা অয়ুক্তা নহাক্কা
থেংনবা মীকুপ অদুদা পুন্সিসে
নঙতগী নাক্তা লৈনীংলুই থম্মোয়না
খঞ্জবা পূম্বা অরেম্বা ওইরমলে ।।

--o--

অইবা :- [illegible] সলাম

## ঈশৈ

(I)

নুপা : নুংশিবা নঙগী শুমহৎপা মীৎয়েং
চীনবাল থোংগী নুংশি ৱাকৈনা
পংলবা ঐগী থম্মোয়বু ঙাওহল্লে।

নুপী : নুংশিবা নঙগী শুমহৎপা মীৎয়েং
চীনবাল থোংগী নুংশি ৱাকৈনা
পংলবা ঐগী থম্মোয়বু ঙাওহল্লে।

(II)

নুপা : নঙগী মীৎয়েং লমহেল্লবা মীৎয়েং
নঙগী শক্তম শুমহৎপা শক্তম
ঙাওহল্লে ঐনি পমঙাও ঙাওহল্লে।।

(III)

নুপী : ঐবুসু ঙাওহল্লে নহাক্না থম্মোয়দে
পুংসুম শুমলে ঐহাকপু নহাক্না
করম্বা নুংশিগী ময়া পুবিনো।।

----০----

অইবা :- সরত সলাম

## ঈশ

(I)

নঙবু করম লেল্লিবগে
অথাপ্পা মীরমলেলদুদা
নঙসু ঐগুম্না ব্লারিদরা ।।

(II)

নুংশিবনা তামনা লৈখ্রবদা
শোল্লবা পুন্সি অসিনা
করম হায়না লেল্লুগে
থম্মোয় মৈচাক খাঙঙমদনা ।।

(III)

কাউরবরা মতম অমদা
ফজববু উরগা নুংশিববু
কাউনগুমসিকো ব্লাশক্লখিবা
ঙাক্লীদরা ব্লাশক্তো ঙসিসু ।।

-----o-----

অইবা ·· ·রেত ·লোম

# ঈশ

(I)

লাইবক ফবী কনাগী পুন্সিবু
য়েংদুনা লেল্লগে ঐগী পুন্সিসে
নঙগী য়াইফবনা ঐগীসু য়াইফবনি
ওইয়ুকো নঙদি পুন্সিদা নুংঙাইবা ।।

(II)

ঐগী পুন্সিদি নৈকংলাগী পুন্সিনি
লেল্লি মৈচাকসে খাঙমদনা ঙসিসু
হিংলি হায়বতা মঙাইরবা তাইবঙদা
অঙাওবগুম লেল্লগে নঙগীদমক অসুম্না ।।

(III)

নুংশিগী পাম্লুংসু খঙদনা পুন্সিসে
তাইবঙগী নুঙাইবা মশক খঙদনা
হিংলগে ঐহাক্তী ইদোম তরক্লা
পুন্সি অসে নীংবা কায়না ।।

---o---

অইবা :- সরত সলাম

# ঈশৈ

(I)

থাবল ইপোম মরক্তা
নুংশিগী ঈথক হৌরক্লে
ৱাখলগী ঈশৈ শক্লক্লে
নুংশিবা কনাবু নীংশিংনা ।।

(II)

হাঙলবা লৌবুক লমহাঙসে
নুংশিগী ঈশৈনা নিল্লরে
নোংদোল লীক্লা মরীক্লা
চামলি নঙগী মায়থোং ।।

(III)

ঙসিগী অহিং অসিদা
নঙবু করম লেনলিগবা
উনীংবনা ঙাওরে ঐদি
লৈঙমদরে থম্মোয় খনলুবদা ।।

--o--

অইবা :- সরত সলাম

ঈশ

## লাইশোন ঈশৈ

(I)

মালেম নৈমা ইমাও
তাইবঙ পোকপি মবেন্মা
শক্লি নঙগী নগুণবু
পাপ চেল্লা মচানা ।।

(II)

অচৎ চন্তা তাইবঙদা
নঙগী কোলোয় মীংলেন্না
হিংলি পাপকী তাইবঙদা
ইমাগী থৌজাল ঙাইদুনা ।।

(III)

নঙগী তম্পাক থকসিদা
ওইরি তাইবঙগী তুংনফম
নঙগী থৌজাল ইরিক্লা
হিংনারি তাইবঙ জীবনা ।।

---o---

অইবা :- সরত সলাম

## ঈশ

### লাইশোন ঈশৈ

(I)

রাধাবু রাধা কৌদুনা
জগৎকী মপু কৃষ্ণ
বাঁশিগী খূৎখৎ তোয়রক্লে
রাধাগী থব্লাই ওইরিবা ।।

(II)

রাধাদো লৈবা ঙমদরে
গোপীশিং মতারোই থাদোকলমলে
মবুংঙো নাক্তা লেঙলক্লে
মিপাই চাউবী রাধাদো ।।

(III)

নুংশিবা প্রেমদা ঙাওজবা
মবুংঙো কৃষ্ণ মহাকসু
মবেম্মা নাক্তা লেঙলক্লে
খূত্তা বাঁশি পায়দুনা ।।

---o---

অইবা :- শরৎ সলাম

## লাইশোন ঈশৈ

(I)

হে তাইবঙ মবুংঙো
ব্রহ্মা বিষ্ণু মহেশ্বর
তাইবঙ শেম্বা মপুও
খুরুমজরি তোল্লবা ননাইনা ।।

(II)

নঙগী থৌজাল ঈরিক্লা
তাইবঙ ফম্পাক থকসিদা
নঙগী লীলা য়াওজরি
অচুম অরাল তাকপিয়ু ।।

(III)

ঐগী ব্বারা মতমদা
কৌরি ইবুংঙো নহাকপু
অব্বা অনা তাইবঙদা
শোঞ্জে হরি মহাকপু ।।

---o--

*অইবা :- সরত সলাম*

## লাইশোন ঈশৈ

(I)

থৌজাল ঈরিক খিকপিরে
নীংজা মহৈ য়াহনবীরে
জগৎ মপু শ্রীকৃষ্ণনা ।।

(II)

বাঁশি খোঞ্জেল তাবদা
তাইবঙ জীব কয়া
অৱা অনা কোকহল্লে
তাইবঙ শেম্বা হে দয়ামো ।।

(III)

তাইবঙ জীব কয়াবু
লানবী নঙগী থৌজালনা
লানবী পাক্লবা ঈপাক কয়া
নঙনা শেম্বা তাইবঙদা
ওইরি নঙতনা লানবিবা ।।

---লোরবা----

অইবা :- সরত সলাম

# ঈশ

(I)

ঐতগী থম্মোয়না পামজবা
ওইরেদো অরেম্বা পুন্সিগী
কনাগী থম্মোয়বু খণ্ডদনা
করিগী নুংশিরুই ঐতনা ।।

(II)

কখোকলুই পুন্সিসে ব্রাজরে
নুংশিবা করিনো খণ্ডদবা
করিগী কৎথোকলুই পুন্সিসে
পণ্ডলবা থম্মোয়গী নুংশিবা ।।

(III)

ব্রারৌবা লৈত্রবা থম্মোয়না
উনবা ফংলরোই খনবদা
নুংশিবা কায়না মৈচাকসে
তাক্লমখো চান্নবী ইরানসে ।।

--o--

শকখিবা

অরিবম মেমতোম্বী দেবী

*অইবা :- সরত সলাম*

# ঈশ

(I)

চেক্লা শাখপ তোয়রক্লো
ঐগী থম্মোয় লৈকোন্দা
ননীং তম্না পাইরক্লো
থম্মোয় পোনগী চেক্লাও ।।

(II)

নুংশি মৈচাক খাঙুমদ্রে
নঙগী শক্তম খোয়রাঙলে
য়াব্রা খোঞ্জেল তাহল্লো
পূক্লিং অসে নোকহল্লো ।।

(III)

পুন্সি ফৈরা থকসিদা
নুজা ওইবি মপোকসে
মীপাই চাউবি থম্মোয়সে
করিগী অসুক ব্রাহনলিবা ।।

---o---

অইবা :- সরত সলাম

## ঈশ

(I)

ঙসিগী মেরাগী পুর্ণিমা
ফজৈদা নিংথিজৈ থাজও
মালেমদা নঙগুম্বা ফজবা
ঐতনা পামজবা নহাক্নি ।।

(II)

চিক্লগা হেল্লি নুংশিবা
কাউবসু লৈররোই পুন্সিদা
মাগুম্বা পুন্সিগী লম্বীদা
থেংননি থাজদ্রে পুন্সিদা ।।

(III)

নুংশিবা নঙতগী অৱাবা
কায়নবা নঙতগী মৈচাক্না
করম্না খাঙগনি থম্মোয়না
তাইবঙগী মায়াসে য়েংদুনা ।।

--০--

অইবা :- সরত সলাম

# ঈশ

(I)

অপাম্বা মচুগী ময়েক্লা
য়েকলুরে ঐতগী থম্মোয়দা
খোয়দারে থম্মোয়না মচুসে
য়েংলগা পেঞ্জরে থব্রায়সে

(II)

ফজবা উরগা কল্লকপা
নুংশিবা মাতগী মনাক্তা
লৈনীংদা কনাবু লৈবগে
থব্রায়তা ওইরিবা মহাক্কী ।।

(III)

থব্রায়না পামজবা মহাক্নি
লেপ্লরে ঐতগী ইমাঙদা
শক্তমদো উবদা লাঙতক্লে
পূক্নিংগী অরোনবা শক্তমসে ।।

--o--

*অইবা :- সরত সলাম*

# ঈশ

(I)

কপ্লনু পূক্লিংও নহাকসু
শিষ্ণনু মীৎলুগী পিরাংসু
নীংশিংনা অমুকসু নৌহৌনা
খল্লুবগী কান্নবা লৈরোই ।।

(II)

নুংশিবা খঙদবী মহাক্লী
অরেপ্পা লৈতবা থস্মোয়নি
অয়ুক্তা হৌরকপা নোংহৌনি
পূকচেলসু লেপ্তবা মহাক্লি ।।

(III)

কনাগী কায়না মৈচাক্লা
থস্মোয়দা চাক্লিবা মৈরিগুম
করম্লা খাঙগনি মৈচাকসে
পন্থুংসু খঙদ্রিবা পুন্সিনা ।।

--০--

অইবা :- সরত সলাম

# ঈশ

(I)

ব্রাখলগী ঈশৈনা পুন্সিসে
হাঙলবা মালংদা তাউইহল্লে
লৈতাফম খঙদরে তাইবঙদা
করিগী ব্রাহল্লি পুন্সিবু ।।

(II)

পুন্সিগী অহানবা খোঙফমদা
য়ূররে তিংখংনা খোংয়াদা
খোঙথাফম খঙদরে পুন্সিদা
করম্বা ঐতগী ইরালনো ।।

(III)

পূক্লিংগী তেলঙ্গা পাইরিবা
পুন্সিগী লংলানা তৎত্রিফাওবা
পাইখৎলো অহাঙবা স্বর্গদা
ঐতগী ওইহল্লো নুংশিবা ।।

---o---

*অইবা :- সরত সলাম*

# ঈশ

(I)

নিংথমগী উলেনসু নংলবা
কালেনগী নুংশাসু খাঙখিনি
নুংশিবা নঙতগী ৱাখলদা
লেপখিনি পুন্সিনা নঙতগী ।।

(II)

তমথীবা নোংলৈনা হুমখিবা
হুমদুনা পুথ্রবা পুন্সিসে
খাঙখিনি নঙতগী মৈচাকসে
হিংখিনি নহাক্কী আশাদা ।।

(III)

খাঙবা কল্লবা পুন্সিদো
ওইখিনি পুন্সিনা লৈরিমখৈ
লাকখিনি ঐগীসু খন্দুনা
ঙাইখিনি মতমদো ঐহাক্না ।।

---o---

*অইবা :- সরত সলাম*

## ঈশ

(I)

অচিকপা লৈকোন্দা ফমদুনা
নহাকপু নীংশিংনা কপ্লি
মীৎলুগী পিরাংসু শীন্থরি
নঙগী ব্রাখলদা অসুম্না ।।

(II)

থাবল ফরবা অহিংদা
পুন্সিগী ব্রারীসু লীরগা
নঙতগী ব্রাখলবু খন্দুনা
পুন্সিসে পোৎথাফম খঙদরে ।।

(III)

নুংশিবা নঙসে মাঙলানলা
করিবু কান্নরি নুংশিবা
অরেম্বা তারেদো ঐগীদি
হিংবগী মমলসু য়াওদরে ।।

---o---

অইবা :- সরত সলাম

## ঈশ

(I)

হাদা চেক্লা নহাকপু
নপাং কনা য়াওদনা
নদোম তরক পাইরিবা
হাঙল মালং অসিদা ।।

(II)

নুংশি নতৌ য়েংঙমদা
নঙবু কৈদা পাইবনো
হায়য়ু চেক্লা নহাকপু
ঐদি নতৌ য়েংঙমদে ।।

(III)

নঙবু নীংশিং নীংশিংনা
মীৎলু পিবাং শীন্থুরি
করি মরম লৈবগে
হায়য়ু চেক্লা নহাকপু ।।

---o---

অইবা :- সরত সলাম

# ঈশৈ

(I)

নহাক্কী ঈশৈবু তারগা
ঐতনা কপখি থম্মোয়দা
কায়হনখি থম্মোয়বু নহাক্না
হৌরকফম খঙদনা অসুন্না ।।

(II)

হৌখ্রবা পুন্সিগী ব্বারীনা
কপহল্লে থম্মোয়বু তৎতনা
কাউবসু লৈররোয় পুন্সিদা
নঙগী নুংশিবা শুরদা ।।

(III)

খঙহৌদা হৌরকপা লাম্মেনা
আশাগী য়েন্নীংসু চাকখরে
মুৎশিনা লেপহৌরিবা পুন্সিদি
কনাগী খন্দুনা হিংখিনি ।।

---o---

অইবা :- সরত সলাম

# ঈশ

(I)

নুংশিবা থাজবা থম্মোয়না
ফংলেনে ঙসিদি মৈচাকসে
নুংশিবা তমলুবা মঙোন্দা
কংথোকলুই চন্নবা পুন্সিসে ।।

(II)

খনবদা ব্বারেনে ঐহাক্তী
নুংশিবা কনাগী মফমদা
কংথোকলুই থব্রায়সে চিংনদনা
পুন্সিগী থব্রায়নি খন্দুনা ।।

(III)

কনাগী পুন্সিনা ব্বারগা
কনাগী থম্মোয়না পেল্লিবা
পেল্লোকো ঐতনা ব্বারগা
মৈচাকসে খাঙলগে ঐহাক্তি ।।

---o---

*অইবা :- সরত সলাম*

# ঈশ



(I)

পুন্সিগী নুমিৎনা তারমদাই
মঙালসু য়াওদ্রবা পুন্সিনা
থিহৌরি অমম্বদা নহাকপু
হিংঙমদা পুন্সিসে তাইবঙদা ।।

(II)

অরোইবা ওইনা কৌরক্লী
লোনথোকত্রা থম্মোয়না চান্নবী
লক্লোনে নঙতবু ইনাক্তা
পুবা ঙমদ্রে থম্মোয় ।।

(III)

মথন্তা লেপচবা ঙমদ্রবা
ঐগী পুন্সিনা পীরগে
য়াইফবী নহাক্কী পুন্সিবু
য়াইফবা ওইযুকো পুন্সিদা নঙদি ।।

--o--

অইবা :- সরত সলাম




অইহাক্কী ফৌণ্ড্রবা লাইরিকশিং : -

১। সরতকী নাটক (ড্রামা অহুম ১৯৯১)

২। ঐগী ইমাদি (ড্রামা অনি ১৯৯৭)

৩। সুভদ্রা চেনবা (শৈরেং ১৯৯৯)

৪। আনন্দা য়াইমগী কংথোকপা (ৱারি ১৯৯৭)

৫। নিংথা মচেৎ (ড্রামা অনি ২০০৩)

৬। সুনোলতা উপন্যাস (২০০৩)

৭। নোংলৈশিংগা ছাতিন্নসিগা (ৱারি মচা ২০০৪)

৮। খোমজিনবা লাইরিক (২০০৪)

৯। লৈশাবী অঙাওবী (রেড্রিও ড্রামা অনি ২০০৫)

১০। লতা (উপন্যাস ২০০৬)

১১। ঐ ইন্দিয়ানি ২০০৬

১২। নিংথৌরোল ২০০৬

১৩। থবায় হাঙ্খিদ্রবা ঈশৈ ২০০৭

১৪। ক। All India Radio শৈরেংবা ওইনকখিবা

তাং ০১।৮।৮৬

খ। All India Redio ড্রামা ইনকখিবা চহি ১৯৮৮

গ। Dr. Ambedkar National Fellowship Awardee 2003